# লান ভম্বীয়ু ইমা

যুগেশ্বর ৱাইখ।




মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল মশা।

# লান তম্মীয়ু ইমা

যুগেশ্বর রাইখম




মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল মশা।



# লান তম্বীয়ু ইমা

শৈরেং ৭৫ গী খোমজিনব লাইরিক

অইব : যুগেশ্বর ৱাইখোম।

*LAN TAMBIYU EMA*

*A Collection of 75 poems.*

*JUGESHWAR WAIKHWA*

অহানব ফোঙব : ১৪ ফেব্রুৱরি ১৯৯৯ (নোংমাইজিং)

লাইরিক মশীং : ৫০০ (চামঙা)

থাফোঙব : নিংথম ইবোচৌ সিংহ, থৌবাল ওয়াংখেম

(মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল মশাগী দমক)

নমফম : বী: আর: প্রেস থৌবাল।

মমল : লুপা ৩০/- (লুপা কুনথরা)

## বাহৈ খরা

১২, ডিসেম্বর/১৯৯৮
থোবাল

কুইরে, য়াম্ন কুইরে, শন্দ নাইব শৈরেং মচা ইনীংবগী ঈথিল থাম্মোইনুংদ তুংতুন লৈরকপ। মীন থওইবীদ্রব, মায় পাক্লরোইদব, থাইনতৈগী অফা অপুন্নব মতমগ চন্নদ্রব খুৎইসি অতম্নন পুথোক পসিদ ইকোক্ত পুরম্ন অরাবগী পোৎলুম অমদি থাংথজরে। করি হায়নি, অবাব পুমকোক কে'কপ-মক্তি নাত্তে। মতম সিদ শৈরেংনবু করি তৌগবনো। অতুবু থাদুন লৈব তমগ্রতুন ইজবনি।

হন্দক পুথোকচরিব লাইরিকসিদ শৈরেং মখল অনিনি। অহানবদ, ইয়ুরোপ সভ্যতাদ কুইনগী মমাংদ লৈরম্নব অইবশিংগী খুৎই—'সোনেট' কী ময়া নকপ অতৈনব শৈরেংশিংগী মখলনি অনিসুবদ, মতমগী মনীতম্ন অফা অপুন্নদব খুৎইগী মখলনি। অয়াম্ন মশিংদি অহানবগী কাংলুপনি।

লাইরিক মচাসি ফোংনব হোৎনবদ ঐন খ্বাইদগী নুংঙাই-জবদি ঐগী ইয়াম্ন শ্রীলিশম ইবেচৌ সিংহ হেড মষ্টর কৈন্যা গার্লস হায় স্কুলন, ফোংবগী দায়ত্ব লৌবীথিবসিনি। পুন্সিদ অহানব ওইন মতৌং পীবীরকপসিদ মায়কৈ অসোমদ অইবশিংবু নুংশিবীব মী থরদি লৈরি খল্লুবদ স্বর্গ খুৎন লাম্ব ফংবগুম নুংঙাইখি অমদি মপোকসিদ শিংব ঙম্লরোইদব লমল তোনশিল্লবনি।

লাইরিকসি প্রেসত থাজিন্দ্রিঙৈদ মপাল নাইদন ব্রামিন্নখিব অমসুং মীৎয়েং পীবীখিব ঐগী ইনাও শ্রী বিঃ বীদ্যা শর্ম্মা, এডিটর, মণিপুরী সহিত্য পরিষদঃ মশা থৌবালবু পুন্সিদ কাউব ঙম্লরোই। মহাককুম্ব ইনাও অমা লৈজব ঐগীদমক্তি চাওথোকচনীংঙাইনি। লাইরিক অসি মীয়াম মমাঙদ পুথোক্লব মণিপুরী সাহিত্য পরিষদঃ থৌবাল মশান হক লৌবীবগীদমক পরিষদকী মীওই খুদিঙমকপুসু থাগৎচরি।

থোইদোক্ন মুংঙাইজব অমন বীঃ আর প্রেসকী মীওই খুদিঙমকপু লাইরিকসি পুথোকপদ বাবীখিবগীদমক মপাল নাইদন থাগৎচরি অমসুং তৌবীমল খঙব উৎচরি।

অরোইবদ লাইরিকসিদ য়াওরিব শৈরেংশিংসি পাবীবদ পোথাফম ওইব খজিকতুং য়াওব থেংনবীরবদি ইজবগী মহে য়াম্লে থনজগনি।

যুগেশ্বর ব্রাইখ্বা, থৌবাল।

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

অহানবি হায়সিন্ন পাম্মুজ' নহারকুস্ত চিংথঙমদ' ইকায়খুম্ন জরিবা ওঝা ইবুংঙোসিগী কলমগী মপাউ "লান তম্বীয়ু ইমা" হায়বা শৈরংগী লাইরিক অসি লাইরজরিবা "মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল মশা"-না কুমসিগী অহানবা খুদোল ওইনা কুমজাসিন অনৌ-অনৌ লেংশিল্লকপদা হাইরিবে হাঙ্গাসিদা খুন্নাইচাশিংদা লংখোকচরি ।

লাইরিক অসিনা সাহিত্যগী লৈকোলদা লৈরিবা পরিষদ মশাসিগী মচক খরা মথৈদি থোকহল্লগনি হায়বা থাজবসি থমজরি।

এ. এস. মৈতৈ

থৌবাল ।  
সেক্রেটরী

০১/০১/১৯৯৯ ইং  
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল মশা ।

২১ জুলাই/১৯৯৭

## লান তম্বীয়ু ইমা

মোইথেম হৈন মশীং য়াম্মী কৌব
লৌনম—ঙুংশি মিঙ্গৌতু হাঙ্গাইজৈ
খৎনাং চাব রাহৈনি—'লাম্বে'ইব'
থোং-মেঙবী পোবেৎ হৈন পাউখুমজ্রে।
ঐখোয়, লাংদোন অমদগী লাংদোন
অমা—তম্বীয়ু পাইব। অতুগ
ওয়ৈ থম্বীযু লোন্দুন পোরোন
মীংচাৎ কিজ্রে মমীং 'নিতুগ।
ইমা! লান তম্বীয়ু ঐখোয়বু লান
হিংচাবশিং হাৎনবব থাঙ-তা
নোংমৈ শীংজঙ লৌশিংগী চুঙ্গাই ল'ন..
খোঙচৎ কাযদ হৈনব খুদক্তি।
পাইখৎলু ইচাশা শ্বাঃ য়াম'রান—
শাখপ তোয়ন চুমদ্রিং, নোংদোল ওন্না।

১৩ জুলাই/১৯৮৭
গুৱাহাটি

## কোমথোক্লুব থম্মোই কিশি

খললুহুন কৈদৌকনি ঔদি—
উন্নগে হায়দুন লম্নানবগুম
শকউত্তবদু, ফংলোই উবদি—
লমুক্লুব ৱাখল লমদাংগুম।
লৈরি—মীগী অৱাংব ৱাখলদ
'তৈশিল্ল হামুক্ল করি ওইব'।
কনান হংলি ন্নংশি বাখলদ—
'করিগীনো ফোংন শাদাল্লিব' ?
কোমথোকলুরব থম্মোই কিশিন
করিগুম্ব নাম্বোকপ থোক্নদি
থুপচিন্দ্রিব ক ক মিতৌবন
থংপীখিদরা ন্নংশি লংজ্জদ।
হোইরিনি তান্ন থৌজাল মাযবৈদ
লমদল্লিব লৈনমথক ফংবদ।

১৫ জুলাই/১৯৯৭

## অউপ অরোং শান্নব

মোংফম ভাক্তি লৈরে মাংদ ছঁসি
য়ুংলি নোংমৈ থম্মি তুপী 'থক্ত
কংলগা মৈরা, ইরি পরেংসি
"চংলে ঐখোয় হয়েংগীদমক্ত ।"
চারব ময়েক; মচু চেংংব
পারি অঙাংশিংন মা-মাদুন,
থীরি মশিং মৈরাশিং মুংথ্রব—
লাইরিকথাউ হুন্দোক্ল নোক্লি হৌন ।
লৈরি অথাপ্প অনকপশিংদ
অমম্বদ লৈপতুন উমংশিং....
খোল্লাংয়ৈন তারি মীনোক্তুদ
ংংমতুন লৈরি চীংশাং পরেংশিং ।
চীং-লেম্ন অউপ-অরোং শান্নব
[illegible]

২৬ জানুৱারী/১৯৯৮

## ঈরৈদ লুপ্পগী অরাব

লময়ানবশিং কৈদনো চংলিব ?
নুংশুক নুংজ্ঞানব কোকহনবিদ
মপু ওইনীংবৈ মঙত মঙলিব
লৈৱাক পূম্ব শাদৌ থোংলবদ ।
নুংঙাইবগী মমলং খঙবন
পন্দোল লোম্লক্রনি অরাবগী,
শৈরোল শৈদা শৈশক য়েংদবন
থারে লোইন ঈরৈদ লুপ্পগী ।
পাম্বখক্তন লৈ য়ারোইদব—
হাৎপ য়াই মীওই খুদিং অঙ্গম্লক
ওইরবদ মরুপ্প য়েক্লব,
ঙাম্লাই মায়পাকপ মীন ইকচাংগেথেক !
অশাংব উচেক উপালদ লেংব
নত্তে অশংব উপালদ লিন্ন ।

১৪ ফেব্রুয়ারি/১৯৯১

## পুলিস পান্দম

মালেমসিদ মীওইবশিংসিন
লানবু কয়াদ খোইদাজরিব,
মখোয় চীনবানদৈ হৈদোরকপন
থম্মোইশিংসি মৈশা হৈজিল্লিব !
মোইবুং মখোলওন লানবন্দগী
নীংথি পখি থকখা অপুম্বদ,
পাখংলি ঐনদি লান লাকপগী
নোংক্রি নওন তাইবঙন মুংপদ ।
সভ্যতা ! চাওখৎপ নত্তে নওসে
লম্মেনি থরায় পোন্থা ওইনব,
পীওন চামথোক্লব লৈমায়সে
উয়োম্বাই য়েংতুন তুমিন লৈথোকপ ।
শীংনবতাই ওইন পুলিস পান্দম
নত্তে, মোংফমথক শেম্মব মালেম । * *

২৫ অক্টোবর/১৯৯৮

**চমম্ব**

মীৎয়েংসিবু শাংদোকখিসির ?
উরিব খর্সিন পোন্তাকসিরা ?
চমমনৈ !

নৈরিব খর্সদ থাম্মোক্তগী পোশাকন ফাংদে—
অসিখন্ন থাংদোক্রবদি ওইবংপাল,
পাঙদবনি হায়বীগদরা ?

মীংনদি উক্ত—লম্বীতু চংকদব
চংপদি ভনাদে
খোংলোহুন পুন্সি থোদান,
মরিল নৈংবনি নৈবীগদরা ?

হিংনবগী লানফমসিদ
চাকখংলক্লিব মৈরীসে পাক শন্ন
নীংতম্বগী লম্মৈনি !
লম্মৈনি থবায়শিংন পোম্থা ওইরিব ।

এবু তুমিন্ন ফমডুন লৈখোকসিরা
নত্রগা, নচাক ওইনব
মীৎয়েংসিবু শাংদোকসিরা ?

নীংতম্ব !
ইমা লৈবাক !
নোঙ্গৌনীংথুম তুরেল লৈনাব য়াংদন
ওইব তাবরা লানফমগী পাউ ? * *

১০ জুলাই/১৯৯৭

## লৈরঙদ চাক্লিব মৈ

'পোম্বা লৈরাং ! লৈনালক্ত ংঙ্গি—
'বসন্তন থেঙন থুংলরিব
চান্নথোইব লীশিংদ মাঙজরি'—
নুংশি হৈতন করেম্নরিব।
নুংশি পঙ্জা, 'গঙ্গা জল' নত্তন
য়াদবরা থম্মোইগী পিরাংত ?
চৎলিব মীকুপ খুদীং মহাক
পঙ্খী মপালগী থঙর লৈরক্ত।
হাকম্নবদ মিপাইরে ঐখোয়
লমজুনত পুরক্লিব লম্মৈ !
অমুক্ত তপথখো ঐগী থম্মোই
মুথৎখিগে লৈরঙ' চাক্লিব মৈ।
নারক শীংলক্ত শাৎপী লৈরাংনি
য়েংসি খঙদবরা লৈনম চেল্লি। * *

১৭ জুলাই/১৯৯৭

## সনাগী ফৈরাদ কায়দোংলিব

অহোঙব লম্মকী লৈরাং ঙাক্ত
শাংলে খল্লিনি পুক্নীং লৈকোলদ
ঙংলরি খোইমুশিংন নারক্ত
মুংশ লৈনম্ম থুংলরবদ।
ঈপাক্ত ভিল্লনি হরাউবন
খোঙলোহুন চংলি শক্রাক্লব,
পংথরক্লব কুমগী নোংয়েন
পামজ্ঞ মীনোক তম্মগ চান্নব'
'মোংফমথাঙ অরাপ্প নাউশুমদগী
থুংশি লমজৈ থারতুন এল্লি,
মীন শেম্ব ফৈরাদ সনাগী
কায়দোংতুন হরাউন শান্নরি।'
'থৌরী চিংনরিয়ে অশি অচং
পাউখুম ফংদ ব্রাহ্মন কেশুমশং।' * *

২৯ আগষ্ট/১৯৯৭

## লোৎতুন থম্মিব ফজব

তম্মখুল তানগ্রে অহিংসিদ লোইন
উপাল-ৱাপাল উরী-ৱারী চী ঙম,
শন্দোব্রিব অতিয়া পাক-শন্ন
মপালনাইদ হৌরি থাবল ঈপোম ।
শীদোক্র থৱানগী মফজদ
লমগী খুন্নশিংন তেংথারিব,
খোইরুম্মি, মপুক নেম্ম ঈয়ায়দ
থারিকথান নুংশি চান্নরিব ।
কোনশিনবীরো নথান্নুংদ পানেম
নঙগী নুংশি চেনলৌন তম্মথদ
য়াদ্রব ঐসে, মওনাক্রবগুম—
ওইরে পামজন পাম্মু থংদব ।
নঙগী ফজব ! লোৎতুন থাম্ম
হায়জনব অমুক্তং ঐগীনি ।

* *

২২ আগষ্ট/১৯৯৭

## করিগী কপ্লি নব্রা

লৈরিব নাক্ত নক্ক চিংনদ
য়েংউনে তাম্ন ভাল্লি মৈরাশিং—
লৈরিয়ে অশাংপ শীংঙেল লেংদ
কেল্লি খামুথক্ত পোমশাংনʼশিং— ।
ʼয়াইফ মহৈ চাজগে লাকপনি
পামজ্ঞ মফমত্তুদ শৈদাংলুব,
নোংদোল লাইজ্ঞ ওইন শীন্তবনি
লৈমায়দৈ হৈরাংক্লুঙ হৈজংনব ।
তাওজীং চীনদমলু মাদ শাদোংল
থাবুমʼনি, লৈহুলন মশাম্নৌদ—
থাজ্ঞ তরা শীয়োমনুং য়াহীপ্ল
করিগী কপ্লিব য়াকায়বদ ?
চেল্লি ঈচেলদ তাউরি কোঙ্গোলগী
পুন্সি পনথুং লৈরিনি লৌশিংগী ।   * *

৩ ওক্টোবর/১৯৯৭

## লৈরোল চনম্বব লাইরা

তকশিল্লি লৈমায় য়াঙ্গেল শুমচিংনা
ফারক্রি শাদানবন লমগী শা,
'করি শানো' ? হংখি লৈমরেললন,
হৌন খুনখি য়াম্বন—'য়াংকোকশা' ।
চনশি শরেন লাইনিংথো লাইমাংদ
কৎসি লৈচল মঙা চিংনদন
ফংলগা লুক্রেন থম্মোই লাইয়ূংদ
পোত্থানি চৌংদ তাব রাকোন্ন ।
মৈহৌরোন রারি কনাদ হংনি
তমগনি কনাদ পুক্নীংগী রা,
করম্ন য়েন্নৌশিং চোংলক্কনি
লৈরোল চনবীরম্বদ লাইরা ? !
মশিং লৈব শমচেৎকী য়াচলন
রাতেম্বনি শম্নাং মচা তান ।                * *

১০ ওক্টোবর/১৯৯৭

**লৈমায়দ তারব শৈরেং মচেৎ**

লৈহৌরসন্থু ঐগী শৈরেংগী
মচেৎ খরা তাহুন লৈমায়দ,
থম্মোই পেন্নব মায়পাক্লশিংগী
খোঙ্গোইনরিব মায়থীরশিংদ ।
ফজব ঙাক য়েংহুন অথীব
শামহল্লি মমি । অদুবু ঐদি
অশিব ঙাক য়েংহুন অচঙব
তাহল্লোই ময়েং মায়পাক্লশিংদি ।
থাশিন মথোই হাপ্লি পূর্ণিমা—
খঙবীদ, লৈহৌরি অমম্বদ
থম্মোই চৈনা খাঙন চান্নব-মা,
মখঙশিনি, মুংশিব খনবদ ।
থাবল ঈপোম হৌদন থম্মোইদ
নোংইল চেক্লা পাইবরা নোংদোন্দ ? * *

১২ অক্টোবর/১৯৯৭

**কদাইদ লাক্লে ঐ**

কদাইদ লাক্লে হায়ব খঙাদ ঐ
মিন হকচাংগী তুংইনবগুম্ন,
তুংইন্নহুনত লাক্লব ঐ
লৈরি, লৈহুনত নক্ক লাপ।
হকচাং, মচাক মঙান শেম্লিব
তান্নব জ্ঞান ইন্দ্রিয় ভরা লৈরি,
পুন্সিদ খোঙথাং মরি চৎলিব
নুংশি চান্ন পুক্লিংবু রাভেম্লি।
পৃথীদ তুঙব লাইজনি নংদি
থবায় হকচাং ঈতায়নফমহুদ,
থম্বালনি নডন, কাঙনি ঐদি—
নোকসমু মালেম কোরৌ মঙালদ।
থৌরীবু লিন্নি খল্লি থম্মোইন
হিংলি, নুংশিব মশক খঙদন।         * *

২৪ ওক্টোবর/১৯৯৭

**থরায় হাপব মুর্তিশিং**

কাউথোক্ল মুংঙাইবন অথাব
হোরাংলব থম্মোই লাইষুমসিদ
মীনুংঙহুৎশিংন অকেমফাৎ থিব।
অশিংথেল, কোঙ্গোলন থল্লবদ।
মখোলশিংহুদ য়োংশু মুঙথংগী
লৈরিঙৈ ঈশৈন তাম্বা ওইন
ওমাং ঈরীকশিংদ লৌমীশিংগী
ওইরি তীর্থ থরায় পানবশিংন।
থম্মোই মফমতুদ মরোল খোক্লি
থরায় হাপ্লি শির' মুর্তিশিংদ,
অশৈবশিংগী মীৎয়েংন শল্লি
কোরৌ মঙালন থিনগাইরকপদ।
মউ কংন লৈরম্ব হৈপালশিং
য়েন্নীং হুল্লিনি লৈরাং লৈনাশিং। * *

১৫ ডিসেম্বর/১৯৯৭

## থেংখাও কয়া

থেংখাও কয়া চৎলি পনলান্দুন
য়াইমুন্নডৈ মহোৌশা লাইরেম্বী,
অরেপ্প য়াইবীবু পুনখিবন
হোংফদরে থম্মোই মীৎয়েং লম্বী।
মালেম লৈতঙ্গাইদ কোরৌ নোংন
লংথৈ নোংমৈ শীংজং শীয়োম হুংদ,
হুনজিল্লি মরু পাম্বৌন লোন্ন
শিদ-নাদয়াইগুম কনা খংদ।
মরুম, বৃশ্চিক চেঙদ কোকশিনবী
খল্লি মীন; চেঙন বৃশ্চিক পোকই,
লাইরেম্বগী শক্লোন্দ লাইরেম্বী।
থিংজিন্দে পুক্লীংন তাইবঙ কনাই,
নিংথৌরেলগী লৈকোল লৈরাংখক্ত
ওইজনীংলিব মীওই মপোক্ত। * *




**অশৈবগী থৱায় পোম্বা**

মি, নঙ লাক্কনু ইন্নরক্কনু
পুন্সি হিরেন থৱায়ন তোংলিয়ে।
অপৈব যুম্বী, নঙ তুরক্কনু
লৈমায়সিদ ঈগী নোং চুরিয়ে।
কৈদৌনুংদ নুংশি ঈশৈ শক্রোই
চাক্রিব লম্মৈ মৈশালক্তুদ,
থম্মোই শেংব লাইনীং লাইশোল থিরোই
লৈয়েং ফাইর খোঙজি মখোলশিংদ।
লোনশিনখ্রব খোঙতুদ থীল্লিব
যাত্রিক, হৌদোক্লনু তুমদবতু,
ইমাগী খোম্মৈ-খোমদোল মৈরোব
হীরি কোল্লনু নোংদম থীবতু।
ফম্ব চল্ল হীপ্প চল্লি খঙব,
অশৈবৈ পোম্বা—মারগা শিব। * *

১৫ আগষ্ট/১৯৯৭

## অমম্বশিংগী মৈরা

অমম্বশিংগী মৈরা !
কৈদনো চৎলিব নঙবু
শেগায়রবা নোংজুথাগী অতিয়া মচেৎ'নদ হন্নদুনা আশা ?

লৈশেক্রিব পুন্সিবু খামুথক্ত
মান্নব ফিরেপ্পু অহোংব মশক তাক্রিব
নংনি থৌনাফব !

খঙই,
নীঙ্গুম্নব হোংব লৈতবশিংগী
লৈ চমজনীংঙাই মাঙব লৈত্রব ।

মতু উবদ
ঈ কংলব শিংলীশিং ঈথক হৌরক্লি
কুক্ক তারব কপ্লাকশিং থক থক নীক্লি
নিংশাশ্বোর ফুয়রক্লি, অকা-অকুম শান্নরক্লি ।—

তাখংলুরব ফৈজোম কুপ্তান নীংখায়রক্রবদ
'থাংনয় য়ানব উপালগুম থোক্রগদরা ?'
বাখলসিন,
আশাগী মরুমদ শারম্ব জগোই
অমুক কাখং অমুক কূমথ
মীকুপ্ত মাংখি নোংখাওলৈমগুম ।

থম্নি, মীংকী পিন লংলা ওইন
লেংশিন্দুন থোদোক কয়া....
নীংশিংব গুরব অকাউন্নুংদ লৈরোল চন্দ্রিবৈ ।

লৈগী খৎজোক খৎজোক চাইসি লম্বীসিদ
লাক্কনি থন্ন ভুংগী মৈহৌরোন্ন
অনৌব আশাগ লোয়নন
মরৈবাক নীংবগী ঈশৈ শক্রহুন ।

হুংলক্রবদি !
ওশেংন হায়গনি—
মুক্তানি মখোয়শিংহু, অদুগ
হুক্কনি লৈরাং পরেং ওকশনদ থম্মোই পেন্ন ।      * *

২৫ নবেম্বর/১৯৯৭

## থৱাই শঙ্গাই য়াইফব

ইঙ্‌ন মশেক মঙাল ফুদোক্রিব
থাজ ! কায়নবরা মচেৎ তান,
আশাগী তোর্বান নীংখায়রক্রব
লুপ্লিব ঈচেলদ মচেৎ তান ।
বসন্ত হৌখ্রে; লাক্লে ওলাঙথা—
মকশিল্লব মায়থোঙ নোংদমখোন্ন
থুংলৈ হেমন্ত; য়োরে নাকেন্থা—
কেল্লি মরী মরী—উনা রানা ।
অৱাবৈ ঈৱাংমদ লৈরিব
মুংঙাইব, থাজদবতুমক্লি
তাইবঙ ! অচুম্ব খঙ্গে তাল্লিব
লোইনমক থৱায় শঙ্গাই লৈবনি ।
অচৎ-চৎত লেঙলি পাল্লিবদ
হাপ্লি ময়ায় মৈ চরর থম্মোইদ । * *

২৭ এপ্রিল/১৯:৮

## লৈরাংবীন করি হায়রি

লৈকোলগী লৈনম থুংলরবদ
নঙনদি অশিংবনি শীংথারি —
ভৌজমল মহে পামজদবদ,
'তুবু লৈরাংশিংদি শাংকায়রক্লি ।
বা থোকনি কিজরুবতন
কিশিন্দুনত থম্লিব থম্মোই
মুংশিবদ খুদি থীরুবন
লঙজরুবৈ মহে চাদ য়ারোই ।
'কর্ম্মবু অকর্ম্ম ওইন উব
অকর্ম্মবু কর্ম্ম ওইন খল্ল
কৌই মালেমদ খরাইদৈ অশিংব'
হায়রি লৈরাংবীন মোমোন নোক্ল ।
কোরৌন নেম-নেম লৈথরকপদ
লাক্লি পাউখুম্লি লম্মাংনবদ । * *

১৩ এপ্রিল/১৯৯৭

**তৎন্নুরব মরী**

থৱায়, তাইবঙ ঈপাক্ত নুপ্লিব
ঈথক্ক থোক্ক-থাক হোইচুন
হিংনবগী লান্দ ভুহৎলিব
কান্নব করি তৌব ঙমদন ।
মশক খঙলদ্রু হিনাউ হিরেনগী
অতিয়াগী ঙমখৈ ঙমদে লেপ্প,
লানগনি ঈপাক করম' তাইবঙগী
হিরোইন জ্ঞানগী নৌরোল পায়দব ।
মুশি মুশি লাক্লি খোঞ্জেল অমা—
'ৱান হিংব তাইবঙ মীওইবনি
চৎলু শোয়দনমক খোঙথাং অমা
লৌই মতু মাবু হুংশিবনি ।'
থৌজাল মপুনি মা থৌজালহৈব
ঙাইরি লোইনমক থৌজালবীনব ।      * *

২৭ এপ্রিল/১৯৯৭

## য়াচল হাপত্রিব য়াইশা

পামলুবন হক, মায় ওম্থোকপ্রব
কণ্ডাওনবন হোইদুন পুরে—
কুমগী নোংলৈগুম, নারক তম্লিব
অশাউব ! মঙলাম্ন মাঙওইনরে।
তরুকী মপু—লন জ্ঞান ফজব
পাঙ্গল মিংচং থাদোকপ ঙম্বনি।
লৈতন অপাম পামদ ফম্লব
লৈরাং লৈখোঙদ লৈনম ফংলনি।
য়াহৌব তাইবঙন তুম্লিদৈদ
মৈশাদ মঙাল হাপ্লিবনিনে।
মন্দুন থিরিব অঙনবদ
মেঙুল মশেক্ক শোক্লরবনে।
পুন্নীং য়াইশাম্ন য়াচল হাপত্রিব
মপালথোঙগী তাংনি চগংনব। * *

১০ জুন/১৯৯৭

## লৈমায়থক্সিদ

ক্লুংশি নোংদম লাক্কে খল্লদুন
শীম্বরি পিরাং থেঙল অহিংদ,
অতিয়া মকোয়দ থাপ্প তাম্ন
য়াল্লি নোংহুমশিং বাংল চীংদান্দ ।
সহরগী উফুল চারগ হিংলি
লৈরি চামশিল্ল লৈনাং থক্রুগ,
পামজবশিংন পুক্রীং থগৎলি
কপ্লি 'হুগ থবায় পীথোক্লগ ।
ময়ামলক্তগী অমথক্তন
থঙলি উরি—নুংশি চান্নবদু
থম্মোইদ থবায়গী মরুপতুন,
তারি নোংলীক্ক পূনশিল্লকপহু ।
লৈমায়সে পিরাংন চামথোক্লব
নত্তে হৌন লীচৎ তেমশীংনব ।

* *

৯ মে/১৯৯৮

## ফিজিল চনশিল্লব লংজাশিং

লাকপ নত্তে ঐহাক লৈচল থিব
লেংদব, নঙগী থম্মোই থোজালন
হায়বীয়ু নুংগী বাচু রাইফব
নুংশিফম থোকপচু তাকপীত্রন।
পুন্সি লান্দ মায়থৌরব ঐনি
নুংঙবু মহী থোক্লব শুম্বদ,
'কামবু পুম্ন চাকথেকপ ঙম্বনি
থাম্বী মৈ – মাদি, লৈবগে কৈদ ?'
খঙ্জী য়াওদ থৌরিব মীওইব
পুক্নীং শগোল অয়াঙব তাইবঙগী
লমথাকম লমথুংকম্লি খঙলব
মঙলান্দ লুপত্রে চম্নাশিং লাইগী
ফিজিল চনশিল্লবনি লংলাশিং
লংফেল কয়াদ লমঙাওনরশিং। * *

## ভূতকী পূজা

নোংম হায়রকখি মহাক্ম য়াম্ম নোম্নুক্র
'লেংজুমদ অমুক্ত তোংজগে'
য়াবীদবনি থক মরমচংতুন ঐন।

হুরানব লৌনম্বন মরমচং ওইরব
ভয়লাইশিংদি চকসিগী
হায়জব নোনজবদ ইকাইব লৈত্রে
নীংগ্রবদ অমুক্তং।

নোংম,
তানজান য়াদ তোংহমখিব মীকুপতগী
ওইখি ভূতুনু আচৌবা ফম্নাইব।

ভূতন ওল্লি হোৎদোং
ওল্লি ভূতন লমচই
কৈ কৈশাল-নোংশা মতম মতমগী।

খঙলে ঐখোয়
লৈমায়সিদ অরাংব উপাল কয়া হৌখি
হৌরি কয়া'ম

অহুবু, মতুম ভারব পৃথিসিগী লৈরেলম্নুংসি
খাঙভমদন শাই
য়াম্ন শাই ।

মৈশাহুবু পুহুন চৎলিব পৃথি
ইংদে মৈচাক রাকচৌংগী উনলেন্দ ।
কালেন নুংশা মরক্ত
হরিনোংনাংন খোংব
তাবীদে খোইরুগী মিৎয়ম মনাকোং হুত্রব ।

থরানগী নুংশাদ
চিফেৎ চিফেৎ চুব নোংলক্ত
উচিন মপাম চৎপ
উবীদে ।

চকসিগী ভূত
নখোয় মম্মামগী পুজা !
নখোয়গী চাকথা !
মল্লে অনৌব মাগুন্দ অনৌব রাখল
লৈতাদ্রে,
কয়াম কুইন লৈখিনি পৃথিগী খোঙচৎ ?    * *

১৮ জুন/১৯৯৮

## অসি হৈবোং

কাংশি মখোলদ য়াচংলকপগী
থম্মোইশিং মরেপ তানব মতম্মি,
য়কায়য়ু য়াদ্রব য়াইবীশিংগী
লমহেনব পুক্নীংগী ৱাকৎফম্মি।
লেপ্লি খোঙফম চেৎন চুমথাঙগুম্ব
ফ্‌ইন হৌব নোংহৌগী মাঙডুদ,
ময়েং তার কনাগী থম্মোইন
শেগাইহুন চাইথোক্লি লৈমায়দ।
ঐন খুনীং কাঙখত্তুন য়েংলুই –
মশক্ক মমি ওনব মতম্ম
অশি-হৈবোংগুম মতু চোম্নকই
উরৈশিংন উপাল ওল্লকপন।
পংখাগুম লৈরি মাঙদ লৈরিব
অশাব মুংশিংঙাক্ত পুরিব। * *

৫ নবেম্বর/১৯৯৮

## খোঙ্গুল তান্নবা লম্বী

লম্বী, চৎখিবৈ খোঙ্গুল তান্নব !
চীক্কা পীরকত্রব উপালশিংন !
তুরেলন লাইজ ঈশিং কংলব !
চীঙ্গী লৈকুৎ লৈক্রোং মেনখিবন ।
রান তানব লম্ন কাব ময়াই
উভাংবীগুম হিংজনীংব মীদ
লৈতে চম্নফম কংলুবৈ থম্মোই
উপালগুম্ন খোঙফম লেঙত্রবদ ।
অত্তুওইরবদি, খঙ উরব
কবি, কবিগী চিরোল তৌরুনি
ফত্তবদ মথবায় হাপ্পব,
লৈনমগী চম্নফম লৈত্রবনি ।
নাপলন লৈখোঙ শোয়্রক্রবদ
শিন হিংনি—য়াঙলব তাইবঙদ ।       * *

২৯ এপ্রিল/১৯৯৮

## লৈরাংবী

শাগৈ কয়া মাঙখিনি লৈমায়দৈ
চীংজাও কয়া লুপখিনি ঈরোল'দ
লৈরাংশিংনা লৈকোল অকোয়বদৈ
ঙম্মোই লেহোক্প খোঙচী মখোলদ।
অহেবু লৈরাংবীদি লৈহৌনি
লৈছাগাতুন য়েল্লাই থল্ল-থল্ল,
কৈয়োল লৈকাই লৈমম পাল্লনি
চৎলরম্লিনেদো খোঙথাংলুম।
মাঙখোঙ পুম্নমক ভাবী শকহেনবীসে
মশেক মঙাল খক্তোরবকতদ
থম্মোইশিংনা ওয়াথাকমক্তুঙইবীসে
মোনজোন মোরিঙ্গি শাহনবক্ত লম্বীদ।
লৈপোক্কে মচাশিং খোরাইরাংলিব
মানিঙ মুংশিন এমোঙকম ওইরব।        * *

১ মে/১৯৯৮

## মতুং ইনজনীংব

ঐদি মতুংদ ইনজনীংবনি
থম্মোইসি মান হৌদোকপিনব,
কখোক্পে লৈনমদ পোনজবনি
মসিত্তনি; 'মমুক খোয়দাত্রব।
থম্রে শীজহন হিদাক্সগ,
থম্মোইগী অম্বী শাজ্জোক্লমত
য়েংলিবনি কম্লাম মাংজিবগে
খুদি থীদনব মখোয়তুত।
অম্বী মপালদ হোৎকজরীশিং—
কাখিন্নু মখোয়গুম্ব লৈরাক্লুম
চংগুপ অরাই লোইনবীরবশিং।
লাকনি লময়ানব পোৎয়োনবগুম—
তাইবংগী মরেপ মজাল তাল্লিব
থিরকে কীবুগ'ম পোমাদব।

* *

১ মে/১৯৯৮

ঈখৌদাংব

ঙমখৈ লৈত্তন হুংঙাইরি ঐদি
য়ুম্বাল্লিবী মাবু ঙাইবতদ,
চীল্লোক্লব ফংলব কয়াদি
তাউরিনি ঈপাক্ত মপাল নাইদ।
য়েংজনীংদে বীশ্বরুপ নরানগী
লৈজরগ ফিজি ফিনা য়াল্ল
খঙজনীংই গুন্দু হুংশিবগী
মপাল নাইদব মাগী শক্লোল্লা ?
ঙাইজরিনে ঙসিন্থু মাবুত
ইথল্লত থেঙলব অহিংদ
হুংশি ঈখৌলংবৈ চৈনালক্ত
মল্লবনি মৈচাক থাঙবতদ।
তোল্লবনি ঐ খৌজালবীদ্রব
মৈশান য়াউম্’ম ফংজদ্রিব। * *

২৬ ডিসেম্বর/১৯৯৭

## মঙ্কমদুদন করি ওইরমগব

বারেদ লোম্বোক্তবশিংগ বাঙাঙনবদ
'সুংশিংত পাইরিব য়ুরানশিংগী মশক তাকপ
সুমিদাংদ থোকপ থরানশিংগী মশীং থীব ।'

নঙ লাকউ
অহুগ, নাক্ত চীক্ল ফমরাউ
ঐ থাদোকতুনা চংশ্রব কয়াগী পুন্সি বারি
লৌশাংশীংন লীগে ।
মহুদ নঙ শোয়দন কপকনি, নোকনি নীংঙাইদন
করিগুম্বদ থম্মোইদ ফাওরকপ ঈথিলন
হুমতুন চংখিনি য়াম্ন তাম্ন — নোংগুম নোংলৈন ।

খঙঙে, হিংলিবশিংগী বারীদি নঙ তানীংলোই
অশৈব কয়া —
তারগ উরগ চংখিবু হুম্ন য়েংলমদ নোকতুন
লৈরি, অয়ুক্কী শীঙ্গারৈগুম লৈমায়দ তাহন
থম্মোইদ মচু শঙলব ঈশৈ কয়া হৌন শক্রুহুন
মসি ওইরমাল্লে পুন্সিগী অশেংব মশক ।

মীৎচান্নন য়েংলহুন ঐঙোন্দ
পীক্রব শঙাই মচাহু থম্মোই পুঙমদ,
মীৎলু থ্‌ম্ন ঈহৌর পুঙমজ্ৰ মৈচাক হৈথ্রবম্মী ঐঙোন্দ
হায়রম্মী,
চৎলববনি মফম’মদ ঐ
শক্তাক্লব ঈরৈবাক ইজ্জাতিসি
থঙহল্লোইদরা থন্ন থঙনীংন লৈরব খৌগংনর মখোয়দ।

উইথখি তপ্ন
পীক্রব মমিৎ মচা অনি পিরাংন থুমহৎলব,
ঐদি ৱারী শান্ননীংলি
থম্মোইগ থম্মোইগ তিনশিন্ননব
অহুগ,
অহিংব মীশিংন পৈখৎলিব অশিব মরোল মরোল
য়াম্ন ৱাংন অতিয়া পক্ল ৱাংব অম্নরি—
উরগ মান কপ্লি হীক্ল হীক্ল
হায়খিবগুম তৌই নাশোম্নন—
‘মফমহুদন করি ওইরমগব ?’ * *

১০ মে/১৯৯৮

## অথৌবশিংগী লম্বী

হায়জনীংই অথৌবে লম্বীশিং
নীংশিংবে ফীরাংজী থাবীনব,
চাইথোকপীরিব মীৎলুই পিরাংশিং
লৈমায়থকী উফুলশিং ফানব।
লম্বীসি কয়াদ লাইবক ফরে
মখোয়গী থৱায়া থম্বাল শোক্লিব,
লৈমায়সি কয়াদ পুন্যা চোল্লে
মরৈবাক নীংবশিং খোঙদোইরিব।
লৈশিং লৈশিংতম থৱজিং ওইন
লাউসি হৌমি—'মখোয়বু কাউফরোই'.
শিঙ্খা কায়দ কোয়রিব মালেম্ন
য়কায়হনবীরো লায়রবৈ থম্মোই।
চাংজাওনি খোঙকম লেঙদ লেপ্লিব—
হিংবমি কোক্লিন শৈথানব। * *

১২ মে/১৯৯৮

**ইমা লৈবাক**

চীংদোলশিংদগী চাইথরক্লিব
লাইজ ঈশিং য়েল্লি মালেম শীন্ন,
মীওইবৈ নুংশি পাউজেল অথোইব
হৌসনু খারি লবুক নীংথিন।
মপারি মমোম্নি অখাঙ কনব
শেম্নসনু মালেমসে লাইরৈবাক,
লমগী চেক্লাশিং মবুক নোয়রব
চাক্তাসনু থাঙজত্রুন মঙক।
মনীংতম্নব শৈরাংবশিংন
শৈথাসনু মপুই নুংশি পাওজেল,
য়াইফসনু থবায়েপানবশিংন
থোক্লগ পুন্নুর লংলা লংজিল।
লাইরৈপাক লৈন্নাংশিং চাইথোক্লরো
নুংশিরব লৈনম্ন শীন্নরো।

* *

১৫ মে/১৯৯৮

## চানবীহৈবী

লৈতে ঈস্থোকখিব লাইশংশিংন
তাইবঙ্গী অনেম্ব লাইনীংবশিং,
মীরাইদে শান্তি পামদব কনা
মপাল নাইদন ঈশৌলাংবশিং।
লাওন হাংদোক্লি মুংশি থোঙবাদ
ঙাহুন লৈবীয়ু চানবীহৈবী৷
ঈরিক খীক্ল মৈশা লাংলশিংদ
নওনি, থোজালগী মপাল নাইদবী।
মালেম শীন্ন মুংশি পাউজেল্লগ
খুৎশেম হৈবী নওন লৈতাহল্লো,
শুম্বীরো নাউশুম ঈশৈ শক্লগ
চান্ন-চিম্ন চীং-তম য়তাহল্লো।
মীওইবগী লংদাইদ লেপ্লিব—
শাবীরো জগোই তাম্থা চানব। * *

১৮ মে/১৯৯৮

**লৈখা তারক্লবদ**

মানসরোবারদ ঈরুপ্লিব
ঙান্নু কাঙঙশিংন শান্নসন্নু—
থম্বাল্লকতুদ পোমশাংনরিব
খোইমুশিং মপুই কোল্লোই শক্নন্নু ।
শাংলসন্নু লৈকোলগী লৈরাংশিং
মখল মচুশিংন শক্তাক্লিব,
লৈনম চৎরসন্নু থম্মোইশিং
অঙাওব পুক্লীং য়াচল হাপ্লব ।
লোম্-থুপ্ন লাকপ মালংবন
শীনব থুংন য়েক্লসন্নু লৈনম—
লম্ন লাকপ নোংম্বোল লাইজশিংন
ইঙন থম্নসন্নু তাইবঙ মালেম ।
নাপল ! ঐগী চীনবালদ চুপ্লিব
পেল্লমনি নঙ; শুমহৎয়াই পুব ।                * *

৯ জুলাই/১৯৯৮

## থম্মোইগী পাওদম

কল্লকপন খোঙলোর স্নংশিব !
হল্লক্লরোই থন্ন য়েন্নিঙথান
মৈ – মৈশাশিংগন্ত খোঙদোইরিবং
রাওন্তি থওইদে শৈশকপশিংন ।
ঐ, চংলবনি মনাক্ত ঙসি—
থম্মোই পান্দব নুংশি খঙদব
মখোঙতুন্দ ঙুগাইগে ঈকোকসি
অশেংব মশক্তুদ খঙনব ।
লৈশেম্বে নোংন লৈতলাইসিদ
নোংমৈ শীংজং হৈথরকখিদরা—
নৈহংশিন্নব লৈকংলাসিদ ?
কমদৌই শকসে, মায় পাক্লোইদরা ?
'ফজন্নত কোকখোঙনরিবন
খোঙনেংনফম্মি নীংব কায়বন ।' * *

১০ জুলাই/১৯৯৮

ঈশিং চাইবী

মতম'মদ এৗন হুংখি—'লাইবক !
করি ভৌ হায়বগে ?' 'হোৎন কনব
মীগী মখা থাবনি লোইনমক।'
কিত্থুন মুংবগুলিংদৈ শিব !
কুইরে হৈজিনব মখোঙ থম্বালদ
হিংবৈ মমল কাউন। অহুম ভৌন
চীরু-চাইন গুমদ্র লমদাং'মদ
থুংলখি চেম্ত্তুন ঈরৈন
কৌশিঙ্গুম। মীৎতাঙবদ নিদব
মী ! হোৎনবত্থু কখোকপ থম্মোই,
থাজবন হোইত্থুন পূরিব,
য়াই পুদব লিন, থৌবাংব ঙম্লোই।
নোং মংদন থল্লকপ নোংজাবী !
ওইরিনি চৌংজাওগী ঈশিংচাইবী। * *

৫ মার্চ/১৯৯৮

**মমথরক্লব তাইবঙপাল**

মশুং তারব নুমিদাংবাইরমগী মঙালশিংদু
শেংলি ময়েক তরু তরুরি
উরুব খুদীংমক মাঙদ শংশংন
লৈরি তাদুন।

ঈপাকতু পাক্লব শন্দোক্লি মাঙদ—
সনাগী লুহুপ উপ্লিব কোরৌহনবদি
নোংচুপ চীংয়াদ ঙাইরে ওহাক্ত লৈথখিগদব,
মঙালদুদ মালংবন
ঈমায়থক্ত চাইথোকতুন শান্নরি সনা মকুপশিং।

নক্ল লৈরি
তঙ্খাই মমব তোর্ববান্দুদ
চৌকী অনি; টেবল অমা
মীদি উদে, লৈত্তে কনাসু।

অথাপ্পদ লোইরোই ৱাংন লৈরিব
চীংদোলশিং মপোপ কায়দ
অমম লাইরেম্বীন পুনশিনবীরব মখোঙ মখুত্তু
লৈরি লেং-ওৎপ ওমদন।

হৌজিক্তি থোক্লে কোরৌ অনি—
কায়নবগী অৱা মায়থোঙ পুরি নোংদোল কোরৌন
কিজবতন মশা'পুম্ব
নীক্লি ঈরোলনুংদ মালেম কোরৌন।

অথাপ্প অনকপদ লৈরিব
উপালশিং—তুমিন তুমিন লেপ্লি মরোল থোক্তন
উমংশিং কুপশিল্লকপদ অমম্বন
মমি শাম্লি
লৈয়েং ফাইরি পোম্বী চেক্রাশিং।

অহাঙব চৌকী অনি
অমম্বদ অস্থম অস্থম তিনশিনখরি
লৈরোল চনশিনবগুম মাঙখরি টেবল
মিৎয়েংঙী ৱাংমদ।

কনা ৱাৎলি হৌজিক মাঙগদব!?
খঙলকই তপ্প কাইনথদ—
তিনশিল্লি ঐস্থ অমম্বদ অঙনব অয়ুক অমগীদমক।

১২ জুলাই/১৯:৮

## মৈবুলগুম চাক্লিব

ঐদি, হেন্ন কনাবু শীংথারোই—
মান্নরব পান্দমদ ৱাখলগী
লানডম পজেং ফীরাল লোয়নরকই
শীংনবৈ লানফম চঙ্খ্রিঙৈদগী।
নাপলগী ময়াই নত্তে পাম্লিব
শেংল অচুম্ব শান্নরোইশিংন,
মরৈবাকী শক্তম লাংচরিব
কথোকপগী পাক্লব মীৎয়েংন।
লৈরকপ কুইরবনি মচুশিং
মৈবুলগুম্ন চাক্লিব মঙালদ,
লানফমদ মায়পাকপ মায়থীবশিং
শীংনবনি মান্নব ঈথিলদ।
শীংথাবীত্রব মায়থীরবশিং
শীষ্টে মাঙদ্রব হীরা মুক্তাশিং। * *

১৪ জুলাই/১৯৯৮

**লাইজগী মহাও**

য়াওরিব লাইজন্নুংগী মহাউন
কোকহল্লি ঈখৌলাংব কনাগী,
অহিংদ ফজব থাজ মান
মাঙজ্রে ময়াই মঙালদ কোরৌগী।
ন্নুংঙাইব লৈতব ঙাইবঙসিদ
ন্নুংঙাইনব থৌরাঙত চৌরিব।
যোগীন, থোঙ মংপল থিংলবদ
লরাই কোক্লেনবু থুগায়রক্লিব!
থবায়ন, মৈ-মৈশা ঈরুবগ
নোংমদোল নিংথৌ-তুরেল ঈপাক্ত—
মঙালগুম্ন শান্নে ঈরোইরগ
থবানশিং মমাগী মতম্বাক্ত।
চৎলব অরোঙব লম্বী তরা
উরোই মায়কৈ তাকপ ধ্রুবতরা।

১৬ জুলাই/১৯৯৮

## চীংদোলদ লেপ্লিব

লেপ্লগ ৱাংল চীংদোলথকতুদ
থম্মোইন লাইজ ঈথৌ লাংলিব—
ৱাজরিব মহাক কথোকপদ
মানি মখুৎন থাজ শোক্লব ।
হিমালয় চীংদগী হেন্না ৱাংলি
হে ! মুংশিব, নঙতগী লীপুন্না
মৈশান মৈদগী হেন্না শাৱি—
ইঙলি ৱাকচীং উনলেন্দগী হেন্না ।
নঙগী নরেশ কনান ওনগনি !
মৈন চাক্তে; ঈশিংদ লুপখিদে—
থৱায়দগী পান্দম্ন হেনবনি,
শমুন্দ্রে চাংজৌ পাব লৈখিদে ।
পীথোক্লগ ঈ থম্মোইনুংদগী
পেন্না থক্লিব হৎনি নোংদোলগী । * *

১৭ জুলাই/১৯৯৮

**মৈ চাক্লিব মালেম**

তাঙ্খুন লৈঃ অশিব হকচাংত্ত
মালেম লৈমায়থক মৈ-হৌন শারি,
পিরাং শিস্থরি মমাঙইবীত্তু—
ভীল্লাইখোম্বীশিংন লেঙ-লেঙ চৎলি।
কদোমদগী চাক্লকপ লাম্মৈনো
খঙহৌ-উহৌদন শীনব থুংখি—
'চা-খোমদোল মৈরোবীরা—কনানো! ?
মৈ চাক্লে.... মৈ চাক্লে... য়াক্ল লাউখি।'
চাইহন লৈরিব মিরাংশিংন
নোক্লরি উহৈদ তিল চংলব,
থম্মোই! মচেৎ মচেৎ খুগায়ত্তুন
লাংগুনসিদ কুইরে য়েংনীংলকপ।
শক্ল ভাক্ল থিব লৈকংলাদ
লৈরিয়ে লমহৎইশিং মশীংমাইদ। * *

১৮ জুলাই/১৯৯৮

## নিংথমথা

য়োল্লে তাইবঙ কৈথেলদ লৈজব —
থল্লি, মখল মখেল শুন শীংলে,
শেল্লেপ মাঙলে শেঙ্গাউদৈ খঙলব
ঐদি, নীংব কায়ন হনব তারে।
নোংদোলগী থবান মশীং থীরিবৈ
খান চাওব পুক্লীং লৌকোইপুঙদ
মৈ ঈশিং নুংশিৎন চায়নরিবৈ
থুংলে নিংথমথা লাইরশঙ্গাইদ।
খ্বাইদৈ শাংব অহিংদ চহিগী
ৱাৎন ফংব মৈশাদ পৃথীন,
মেঙলব মঙালদ কোরৌ মাগী
থম্মি নুংশিৎ! লুমবু লুমবু শান।
কায়রব ৱাশক মুখৎলিব
থোঙ্গুলশিংনি মমি শাম্লক্রব।

* *

১৯ জুলাই/১৯৯৮

## শিবরাত্রি অহিং

শিবরাত্রি অহিংতুদ চৎলি
ঙাওফিং ঙাওফিংন শয়তান লাবতু,
মচি কারব চোমগাংন থিল্লি—
চীংমায়দ ঙাথনীংব থম্মোইতু।
কালৈ থকই মতমগী শিবন
লৈরি অবাংব দলানশিংতুদ,
থল্লি মতূ মচাগী হেন্দোক্ক
পেস্থোক্তে মপুল মপুল পায়বদ।
কোকথক্ত যাতু পুব অঙম্ব
করম্ন ষজস্বে মৈক্কং লম্মি!
মীউন্ন তিংব ধোলোক থীল্লিব
নোংথাঙ্গুম পেনাগী শজীং চিংলি।
শিবৈ দোলাই পাইরব নোংদোলদ
বাংখৎলি মোঙফম্ন তোর্ব্বানশিংদ। * *

৮ মার্চ/১৯৯৮

## মীকপ থোকপ্রিব নত্রা

অশিব হকচাংশিংদু থম্মি হৌক্লিককাগুব লৈরোন চন্দন
অচাকপ মৈশিংদু
চাক্লি মুখৎপিনব লৈতম,
লাউরি য়াক্ল য়াক্ল মায়কৈ থুদিংজ—
'ঈগী লমল ঈন শিংগদবনি।'

নুংশিথগী কুপ্লব লংজান
লৈপুল শেম্মব তাইবঙ নাচোমদু
তঙাইফদ্রে তাংলৌসি।

চীংমায় নাপোম শন্ন চাক্লিব লম্মৈ
কনান মুথৎপিগনি
লৈশেম্বগী নোংদোল লাইজ নত্তে।

'ওয়োই ঐদি
ঈখৌলাংব কোরুব
ঈ খুজোক খুজোক পীথকপ ।'

তমপাকী লমদমশিং—
মীৎকী পিতন ঈশিং ঈচাউগুম
তাউথোকপ ঙাইরিব !
হৌদোকখিনি
কয়ারক য়োংশিঙ্গোৎন নাকোঙদ থিন্দুন ?

মরেপ লৈতব মুংশিবগী
পম্বুং য়াওদব মপোক্কী
মমাগী শীয়োমনুঙদ য়তারিব নবাহু হৌদোকলুরমু
থোহু মুঙ ওইন তুমজরসমু মীকপ থোক্কন,
মরুম ওইন
মাগ্রসমু মিনুংশি য়াওঅব তাইবঙসি শকথঙদন । * *

৩০ জুলাই/১৯৯৮

## লাইবকচাওবী

হে! চংজফম ওইবী, শকাংহল্লবী
ঈশিং মপীসে 'মনু' থল্লগ
ঈমায়থক্তুদ মপুক তপ্লবী
শান্ন পাম্নি ঈপোম হৌহল্লগ।
মুমিৎন, থোকপ-তাব অনিবু
নাকোইনন পুক্তন চংলিব;
য়াইবীশিংগী মতিক হাপকৎপবু
ওইরি শাম্ন থোঙ্গুল মুথৎনব।
উরোই লম্বী অহিংদ মৈথুগী
চৎননব থিরিব মহাক্ন,
অমম-অঙাল পুন্ন থাদোকপগী
কোক্লেনবু থম্বল্লিব কল্লক।
দেবী! শক্তিশিংন ফাংপুল্লিব
যোগীশিংনি নামরস ফাল্লিব।

* *

২২ জুলাই/১৯৯৮

## থম্বাল লৈকাতম্ন

মহাক্কী মিংলেন শক-শোনবতন
কয়া অমা লৈ চামথোক্র থরায়,
থম্বাল চাম্মনিপাল লৈকা তম্ন
পোথাফম খিবৈ পাইশিল্লি থম্মোই ।
মচেৎ তান অকাশত্ত কোয়রুব
খোঙজেল য়াঙলব সংসারীশিংদ
বারী, মৈথী লোক 'বৈশ্বানর' কৌব
করিবু কান্নলি লীরুবদ ।
হে ! ঋষিকেশ, খোৌরম য়াৎপ লোইরে-
থৌদাম পাংব ভমত্রে পঙ্কলবন,
লাম্রোংদ হিংচাবন লাকচরে
কনবীরো য়েক্লবশিং হাঙ্‌হন ।
থরায় হৎচাংন মায়পুনবনি
হিংনবৈ লানফমদ্র মুংবঙবনি ।                * *

১ ওগাষ্ট/১৯৯৮

## মৈহুম উতোং

মীওইবৈ শক্তম লৌব শাশিংসে
তাইবঙগী ইজৎ ময়াং কংহল্লি,
খুৎলাই পায়ব লমগী শয়তানশিংসে
হয়িংগুম্নহুম হনচাক থাররি।
হিংলিৈংদ ন্নুংঙাইথোকপ চুম্ন,
ফার হাংল চারগত লৈব—
মৈবু মুখৎলি খঙদে লাইজন
নোংথাঙগী শক্তিশিংবু লোৎলিব।
হেন্ন পুন্সিবু শাংদোকপ পাম্লি—
মতুংতাব মপোকী ব্রা খঙদে.
য়োৎশু মৈহুম উতোংসু শ্বর হোল্লি
থব্রায় পানবতদি ওইব য়াদে।
খান চাওরব নোংদোল অতিয়া !
মীসু পাল্লি চীকথায়নব হুইয়া।

* *

৩ ওগষ্ট/১৯৯৮

## য়াচঙলকপদ

য়াচঙলকপদ হুরিনোংলোন
কল্লি মরৈ শান ..। অনম্বদ,
তিনশিনখরি লৈরম্ব পূম্বন—
কৌজেং হারৌ তেংথারি হাবুদে।
মখুংত মৈরা পায়বী মনাশিং
মচাশিংগীদসক মথবায় য়েল্লি—
কল্লক মিহৌ খম্বলব লৈত্রশিং
শাদানবশিং থেংনব থোরক্লি।
'ল্লিলগী মখুল; হঙোইগী লৈয়েংদ'
লম্লানবন পুন্সি মমল লেপ্লে,
শিব ঙাইন হিংনীংদ্রে মোংফমদ
মীকপ থোক্তন ভূমথনীংলক্রে।
লুখাক্লা লেক্তুনন কয়াম কুইন
হিংখিনি মৈরা মপাল তাংজুন ? **

৩ অগষ্ট/১৯৯৮

**থাঙখুমদ শত্তোক্লব থাঙশাং**

মৈখুগা মতম, নিংথম অহিংদ
থামস্ব থথায়দ থা উদব.
কোরৌন খাগী লম্বী চৎপদ
মহাক তুংইনখি—হে ! চানবীবে ।
অহুম্ন চৎখিব যোগীশিংন
লৈরি, চন্দ্রলোক্ত চহি কয়া—
নুংঙাইন সম,রস ফাল্লহুন
লম্বীহুস্থ খঙখি মখোয় কয়া ।
মরৈবাক নুংশিবৈ রাখলতুন
নীংতম লানফমদ থরায় কৎথ্রব
শল্লসন্ন মঙাল নুমিৎকুম্ন—
হে ! সহিদ. মৈরি থোক্ল চাক্লিব ।
ঈহৌরি পিরাংনি মশুংলাংগী
ঈনোৎনি কারিব কখোকপগী ।

থাঙশাংসে !  চান্নগ থম্মোই ঈন
খল্লিবনি থমসিগে কদাইদ ।
ইতিহাস লমায়দ য়েক্লিশিংন
ওই য়ুম্বী অনৌব সভ্যাতাদ ।
য়েক্লবৈ মঙক কক্লব থৌরাঙ—
লৈনাদৈ হেন্ন থোৎলব নাপল,
ঐগী থম্মোইন শীন্থরি পিরাং
নীংশিংবদ ত্রিবেনিগী ঈচেল ।
হিমালয়গী চীংদোন্দ থমসিরা
চামসিরা থুমহীদ সমুদ্রগী
থৌনাই নুঙপাক্ত হন্ন ফেঙসিরা ?
অশেংব ৱারেপ্প থম্মোইদুংগী
য়ুংশিল্লে সহিদকী মোংফমত্তুদ
নৌন য়েন্নীং হুন্নব লৈমায়'দ ।

* *

১০ মার্চ/১৯৯৮

## সনা লৈবাক

অথেঙবদ শুরাং মুমিদাং যুবার হাখি
করি খোক্লগব !
হয়েংন করি তক্লগব !
ঐস্থু খঙদে, মাস্থু খঙদে, নঙস্থু খঙদে
ঐখোয় পুম্নমক্কী—মরম্ খঙদন ।

নোংমৈ মখোন্দ হামচৎনৈ থবাম্
ডেমান্দ লেটরদ পোম্মী নিংদোল
নাকুথেংব লাকুনি থোঙ লোম্নশিল্লো,
চুরাম্বার মাক্তে—রাম....রাম...
তিল্লাইখোম্নী উবদ— জুমী...জুমী....
মীপুম খুদীং মমং কংলে খুৎন লাম্ব
ঈ খুদেং লাই খুদেং—নুংঙাইরে সনা লৈবাক। * *

১৯ অগষ্ট/১৯৯৮

# অয়েকপা মীংশ্না অনি

মীংস্না অনিন লাল্লুরবদ
বাহোং মতুগী অয়েকপহৈনি,
খোঙদানীংঙ্গব মহাক শীম্বাদ
লৈফমদগী লেঙঙ্গব মুংহুম্নি ।
বাখলতন মপু ওইনীংবগী
পুনশ্রবদ কিশীন অচেৎপ;
নাম্থোক্ল ভংগুগুম চৎনবগী
ঙমদে তগুপ তন্নাইন চাংয়েংব ।
চিংথোকপ্রব দোরীগী লংজান
হানজীন ঙমদব মীওই পুন্সিদ,
কেমহল্লি পুন্সিবু মাংথোক্নন
থাজবন মপাল থোক্লবদ ।
অমম্ব মফম, লৈতব মঙাল—
লৈতে অমম্ব লৈরগ মঙাল ।

* *

১৫ ওগষ্ট/১৯৯৮

## ওগষ্টকী রাউথাংনেরর অতিয়া

থৌবাল।

ওগষ্টকী রাউথাংনেরর অতিয়া
রাংন পাইরিব ফিরাল অসিন
মচু শঙলি ঐগী পুক্লৌং 'তিয়া,
মরৈবাক হুংশিব কথোকপন।
ঈচেল কয়া তিন্নব মকমদ
পুন্নি চক্রন শান্তিগী পাউজেল,
মালংন শক্তি ঈশৈ নোংদোলদ
শোল্লি সমুত্র ইথক্ক লাইশোল।
হে! মপুক তপ্পবী মাত্রিভুমী
ঐগী মীৎলুসে পাথোক্লি পিরাং
উরগ সহিদকী থোঙ্গুল মমি—
খঙলক্লগ মতমতুগী থৌদাং।
কম্লিবনি চেৎন পায়শিন্দুন
থম্মোইসি নীংব কায়রক্লবন।

হায়দে হায়নি হায়মনব থোক্লব
অনৌব সভ্যতাগী ঈচেলদ
কনা যাওরিব মীওম থোক্লব
মরৈধাক লুংশিল—লৌংল ঈথিলদ ?
শুংকপ কয়েনই পুক্নীংদদি থক্লি
কল্লি থম্নোইকি মখোল থোক্লবা,
উরি—শংশংন কক্কথংলি 'খোঙ্গী'
কল্লি শীনমীশিং হুম্মাং ঈশিরক ।
হায়দব ভক্নোই ভশোংন ঐদি
'নঙ্গে মচু সহিদশিংগী 'পাম্ব',
মঙজরমী মঙ মতম 'মরুপি
ঈনি মখোক্তুই লঙন থক্লিব ।
য়াওখি হুংশির কঙ্গোলপাঙ্গ
কল্লক খম্বন মিহৌব লৈবীদ ।

২৫ ওগষ্ট/১৯৯৮

## থবায়গী মপু

ভক্তশিংবু হুংশিব মহাক্র
সনা খোঙম নেংলসমু ঐবু,
কোনবীরসমু হুংশি চায়ন
মপুগুওইন কংলব ঐহাকপু।
মাবু উজব ফংহন্নবসু
মীৎসিন পিরাংন থুমহংলব,
থম্মোই মচেৎ তান থুগায়রসু
থবায় মপু থাররোই হুংশিব।
হে! তোল্লবগী মরুপ নহাকসে
তৌবীয়ু তৌনীংবত ঐঙোম্দ—
দয়া, দণ্ডি, থোক্কাল...ওয়মকসে
হুংশি লীক্লানি নঙগী ঐঙোম্দ।
ওইসমু বত্রু, ওইসমু ঈরিক
নোংগৌবীনি ঐ, ঙাইজরি নোংলীক। * *

২৮ ওগষ্ট/১৯৯৮

## ঐগীদমক্তী সিথরু ওক্লে

অশৈব ! চাকখাউদ শক্তম য়াওব
মীহুক্ত ঐবু-ভাওরে হায়দনু,
থওদবক্ত লাম্ম চংলে নীংব
বুদ্ধি কোইহঙ্গুম খোঙ্গাওনসু ।
নাপলচাওবা মী ওইহৌদবক্ত
চৈ'রুক মরক্ত মতা—বারৌদে,
অভোনবশিংবু হুংশিরুবন
অরাংব থাক্ত কাগে খল্লুদে ।
হন্থোরক্তীংদে খোঙকম'ম পুক্লৈসে
লেপ্লিসি মোংকম্মি থওদবক্ত,
থম্বালগুম শাংকায়হল্লুগে থম্বোইসে
শিবগুম্ব কঙ্লেক চিনবানশিংন্থু ।
ফজন ! থম্বোই রেজন হাংলে,
ঐগী দমছিক্ত — সিথরু ওক্লে ।

* *

২৯ অগষ্ট/১৯৯৮

## শিনশঙশিংদ

শিনশঙ্গী থাক্লিব মৈরাসিন
শন্দোক্লি মঙাল মমম খুমিজন.
মঙালকু থিগ্নির কনা'মন
খুবাক লাইখল—তা য়েংবি 'থামদ।
শীগ্গাতল পুদুন থক্লিজ
মীচংদ য়াওবীক্তা জীবশিংগী ;.
মীৎয়েংন থোদনা খুদিঙ হাংচিব
পুরি—অমুক শেম অমুক মাঙবগী
মনবীহেব মীওইমেন মীয়োক্লি
ইরাং পুবী প্রকৃতি ইমাকে.
মুত্শিব কৈরাং কৈনয় শীজি—
মপুক সোয়ব্রবী মালেম কৈরায়সে।
ইঙা য়োংক ওংশোংসে কপদ
য়াংবিরক্লে মুক্তা মীকপ খুদিঙদ।    * *

৩০ ওগষ্ট/১৯৯৮

## য়তাখিব্রব অহিং

য়তাখিব্রব অহিংশিংদুদ
চংলিব মতম্ম খোঙজেল য়াওন,
পাঙখিব শিন্থান তানজাদুদ
খুশি তোঙাল্লি ; লাম্ব ফংদন ।
মমল থিদব তৌরি থবকী
মীহু পুন্সি ফিদম হোরাৎতব,
মায়ুম্লোং য়ান কায় চীংদোল লাইবকী
পম্ভাংহু হোৎনবন য়েক্লিব ।
খোশাগন্দব, চেকশিন্ন হায়রি—
পুন্সি ! তেনবনি মতম হিংবগী,
তাইবঙ লিলান অঙকপ গুইরি—
অহেনব রাৎন লৈঃ শংনোম্বগী ।
লুপখিব চীংজাওশিং ঈরোলজুংদ
মাঙদে শক্তম হুন্দোক্ল মীৎয়েংদ । **

১৪ নবেম্বর/১৯৯৮

## কৈফিয়েৎ

সমুদ্রশিংসে! মরেপ লৈন লুরিব
হিরা মণি মুক্তাশিংগী পুকৈ ওইরি—
কদায়ফাওব মীওইবন জয় তৌরব!

চীংজাওশিংসে! নোংমদোল পক্ল বাংলিব
পৈশিন্দুন থম্নিব লনশিংদুগী
খল্লুদে নোংমত কুপথন।

ম্নাওল্লকপ খুদিং নোংঙ্গম্নকপ!
খঙব ঙমদন লৈরে মপাল নাইদব।

পাংশোয় নাইব মীন ফিদম্নফম ওইরবস্নু
পীব তাই লংজরুবৈ কৈফিয়েৎ।

পাইশিল্লক্লিব খোঙ্গেলসিন
খলহল্লি হোঙব নাইররোইদব অমা—
অত্তুগ, থংনব মিকুপ্তু
চেম্হোকখি অরাঙব ঈশিঙ্গুম
অবাংব ঐগী পোত্থাফমদগী নোংথাঙগুম য়াঙন। * *

৩০ ওগষ্ট/১৯৯৮

## অতোপ্প গ্রহ অমগীদমক

অতোপ্প গ্রহ অমগী দমক
থোইদোকপ পুক্নীং দোলাই তোংহ্নন
খোঙশানবদ তারবরা এহাক !
খল্লিবনি হয়েংগী স্নুংনাঙন।
করি মতৌনি খন্দনব লৈ
চংয়েংন ঙমদব মপুঙফাব,
খঙনীংব মীন খঙনব হোৎনৈ
দর্শনীকশিংন খঙব ঙমদব।
মালংবন জগোই শাদবনি
ঈপোম হৌদব ঈমাম্মশিংদদি,
ঈথক্ল লেপ্তুন চেম্থবনি
মান্নব থাউমৈ চুখৎনবদি।
অহমথরগে খম্নলব লৈতন
শৈরেংগী ঈপাক্ত নীঙ্ঙাইদন। **

২ ওগষ্ট/১৯৯৮

**শদোৗথোংলবী**

পলেম ! মহৌশা কৌবী লাইরেম্বী,
নঙগী অরোনব শক্তম হাইদোক্লো
নৗীক নয়াইতন নাউকোল্লিবী.
শৈথাব ওস্ব থৌনা পীনরো।
হে ! নোংদোল লৈচিল, য়াঙন পাইরিব
চংখিনু ; নুংশি লমদম থাতুন,
তানজানি, থম্মোই ঈথক হৌরিব—
থাম্মি নঙবু খ্বাংচেৎ মচীলাঙন।
মৈচাক শিনীংলি করিগীনো
মৈয়ায়হল্ল থরায় হকচাং পুম্ব ! ?
চেঙ খ্রজোক অমন করিগীনো
বাইক্ক মপৈদৈ মমল য়াম্লিব ?
মোংফমদৈ হৌগৎলকপ ঙাইরিবী
ইমা লৈবাক্কি শদোৗথোংলবী। * *

৫ ওগষ্ট/১৯৯৮

## হাংদোক্লব থম্মোই

তাইবংন ইকায়খুম্নবীরব
লীক্লম সুন খোঙদারক্লশিংন
নোংদমথীবন খোঙলৌরক্লব
লাংলি হৃকচাং ; পামজবশিংতুন ।
য়ারোই তান্নব য়ানি য়াফমসি—
হে ! মুংশিরব প্রভু, হৌজিকমক
শিজব য়াত্রা ? পুক্নীং কাঙংসি
ঙম্মি থুয়াদ চঙব লেপ্পমক ।
য়াখলন অনি লোংদ খল্লিরৈ
য়াব পোক্লোই অনৌব আশাগী,
অশেংব শক্তম উব যংলিবৈ
লংপকনি ঈপাক্ত মুংঙাইবগী ।
লৈবরা থম্মোইন হাংদোক্লব
ফজবশিং হাপ্পগী চন্দব ?'

* *

২ সেপ্তেম্বর/১৯৯৮

## উচুক্ত পুন্নব ইরোই

নুংশি মঙাল হাপ্লিব কোরৌনি
থাম্মোই পাউদম ফংলব থাজদ,
ক্বাকশিংদি হরাউব মচোম্নিতনি
লুখাককোমগী লুখাক মপৈহ্নদ ।
মিরাং, কাচিন্দ লোত্ত্রুন লৈব
খঙদে অতিয়াগী ফজবশিং—
চরাংশিংন নাংতোন্দ তোংলিব
উদে চীংথক্ত হৌব উপালশিং— ।
থেক্কংলব থম্বাল মশিঙতন
পুন্নব কাঙও, করম্ন চংনি ?
বাহোং মতুই অপাঙব মীংস্নান
উ-ফংদব লাইরম্নেন লম্বীনি ।
উচুক্ত পুন্ন ইরোই লৈওগ্নি
লৈনাংদ, নুংঙাইবৈ মৈশা লাংলি ।     * *

১৬ সেপ্তেম্বর

## অশিবগী লাইবক

লাইবক্তু হৌরবীগীর থাজব
থোইদু মঙতু তারি লৈমায়থক্ত,
হিংলি অচুম্বন লৌনম্বা
শোল্লোই য়েংন ঙৌরি কম্লৈথক্ত।
হংলি অশিব মাবু উরগ—
করিনীনো ? নোক্লি নোংঙম্বন
য়েংলগ। নোংলৈ নুংশিৎ লাক্লগ
পাইনি— উফুল, হক্লাউ মথোই কান।
সুড্রুম ! মঙথংগী কৈন্না ফংলব
ঙাইন শিন্থরি চুমাং ঈরিকশিং।
মমেং থোক্ল কাম্বরুগ নীংব
নেংলৈ ঈস্তুম কম হিংচাবশিং।
খুন্নি অমংবা নোংন কোরৌম্ব
মকাউথোক্লি পরাম লৈবব্রু। 
* *

২৩ সেপ্তেম্বর/১৯৯৮

## নবাশিংগী মশাক্ন

মহৌশা কৌবী, শুমহৎয়াই পুবী !
নঙন্না তাইবংবু ফোঙন লৌনম্মী,
নবান শাম্নব থম্মোইথোমবী,
হৎ কান য়ুথদ ময়াই হাল্লি — ।
চঙদ য়াদ চঙলিব মচাকসে
পুক্নীং লায়নাদৈ পূমকোক কো:ক্লব,
লৌনম লাংথাক তম্লিয়ে মহাকসে
থম্মোইদ সুংশি ঈঙ্কল পীরিব ।
ঐন উরিব দৃশ্যসিদ —
ঐ লৌরি মহাক কল্লি মরী !
ঐসে তিনশিল্লব দৃশ্যসিদ —
তিনশিবে অহেনব করি লৌরি ?
নবাঙ্গী মশাক্ন থোইদোকউদে
চৎল্লি থোক্তচংনদি মীরাইবীদে ।  * *

২৬ সেপ্তেম্বর/১৯৯৮

## নিংথম অহিং

কোকিলন খোংলকপ খোঙ্খাঙয়েন
পুক্লৌং কয়া ফাজিল্লি পুনশিল্লি,
হায়কম তৌকম খঙদ য়েন্নিংথান
হন্দোকপ য়াদ মীনাই ওইহল্লি ।
ফোঙদোক্লন লান্থোকপ্রব থরায়
অচঙব ! করি ওইনি খংদব
ঙমথরক্লি তপ্ন পুন্সি পোলোই
মমল কাওখৎন য়োম্থোকলুরব ।
শন্দুক্ত মুংঙাইন য়ভাবৈ বা — !
য়ুংনি চৎক তরুক ; শীংখল তরেৎনি
থাগনি, মৈশা চৎরব চান্দুবা
হুমাই থক্ত, লাইজ ঈশিং খীক্নি ।
ইঙডি খঙলব নিংথম অহিংদ
খোয়দাব কনা, মৈকোয় চবুদ ?

* *

৩০ নবেম্বর/১৯৯৮

**করি করিগুম্বদ**

ইচিকহল্লব, অথেঙব অহিংদ শুক তরেৎ মম্নব
লৈরিঙৈ ফম্নগ তোর্ব্বানসিদ ৱাখলগী
লাকখি মালি নাশোল পীক্ল—
পাখৎন, মিহুল পিংপিং লৈগী মেলা য়াওনব উমংসিদ।

মোঙহাদে. কিন নীক্ল মশা ফাজিনজহন লৈজরিঙৈ
মায়খুম ফি !
মুঙওল্লব শুরদ হাইদোকপীখি—
তরংদ তাউরিঙৈ চেকশিলহোদে থম্মোই লমহেল্লবী।

পঙথরিঙৈ
লায়ন থহুম চনখি

খম্রে থুগাইগে থম্মোই লাইয়ুম অমুক হন্ন
মচেৎ তানব।

অমুক উব অমুক মাঙব আশাশিংসিন
কয়ারক ঐবু লৌনমখিগনি ?

তাইবঙপালগী,
লৌনমশিংতন মচোই মচোই তত্তুন তাথ্রব লীক্রু পরেংসিং
য়েংহুন কপ্নীংদ্রে খুনগৎলুব ঙমজদবন ।

ফজব... অথীব...মচেৎ মচেৎনি ঐগী ওইব,
মপুমওইবহুদি !
নাম্বহুন তাহৌরবনি খুরক্ত,
মতমগী লৈমায়দ থাজবগী লৈফুল্লক্ত য়াওন্দুন
কংহৌরে, পুমকং কংহৌরে ।

অহুগ, অনৌব আশা !
মঙগুম্ব বানি, ওইথোক্লরোইদব ।

অহুমওইনমক করি করিগুম্বদ,
থাজগী লুপা মহি চেনব মঙান্ন চাকথেক্লকই
হকচাংসে ন্নুং-পাল যাওন, অহুদে
মঙ মঙবদ ন্নুংঙাইরকই –
ইন্নুংঙানদ্রিফাওব মংলান কয়া মরী মরী শংথনীংলকই । * *

২৯ সেপ্তেম্বর/১৯৯৮

**মায়হিং কারব নোংদোল থাজ** থৌবাল

কাঙথোকলুবদ থম্মোই থোঙবাসি
মহুংদ করি য়াওরি খঙদব,
য়োম্লিব মপালগী ফত্তবসি
'পেন্দোরাই' উপুগ মান্নরিব !
অয়েক অখিল অশি অনা কয়া ..
কল্লক মিহৌব অপাম্বশিংগী
লুমথর আশাগী শয়তান কয়া ...
পাইথোরক্লি পামজ উপুদগী ।
নঙগী থৌদা পাঙব ঙমদবন
পুখব হনজিন্ন পাপকী কোমদ.
মীত্থু লানবীগত্রনে নহাক্ন
মিহৌবৈ য়ৌন ময়াই কাবদ ?
নোংদোল থাজসে মায়হিং কারিব
থাবল ফবগী ওইদে অকায়ব । * *

২৯ সেপ্তেম্বর/১৯৯৮

## য়াঙ্গংলবী থৌবাল তুরেল

বাংন পাইরিব অমংব নোংস্থু
য়েংথরকখিদ্রে মালেমথক্সিদ ;
কুমদম্মথ্রে ; শুখরে থাম্‌ংস্থু—
লাকখিদ্রে ঋৎতুরাজ লৈমায়সিদ ।
য়াঙ্গংলবী থৌলাব তুরেল ! নংবু—
ঙমদ্রে অমুক্ত নবুক থলহনব,
শিরোইগী অবাংব চীংদোলহুবু
চুপ্রবরা নোং, ঈমায় চোম্নব ?
"শাংলি 'লিলী' মায়থোং মকা লাম্ন
ফজবৈ ঈনোং হাপ্ন নোংদোলগী,
শক্তি চীঙ্গী তাম্ন খোম্থাঙ য়ৈন—
অচীকপ থুগায়হন লোক্লুংগী— ।"
ঐগী কায়রব থম্মোই পিরাংসে
চন্নখিদ্রা হাপ্লব নবুক্সে ?

* *

৩০ সেপ্তেম্বর/১৯৯৮

## ইম্নফি

ঐগী ইম্নফিসে মস্থরব
লংজা তংলক্ষাও মহুৎ ওম্নীংদে,
শিস্থাশিংম হুকচাঙ্গ লোইনব
লৈনব মন্নী অনীদি লেঙদে।
নঙ, পিরোইনন কপ্লোইদবনি
অশিবশিং মচু লোক্লবগী
পন্থুং য়োথ্রিংঙদ কায়দোংখিনি
লাংওন্ন মায়পাকপ মায়থীবগী।
কনানো? কপ্লিব খোঞ্জেল য়াক্ক —
তীল চঙল সভ্যতাগী দমক্ত,
কাউজলথীবে মতম য়োরে খঙন
খোয়দারিব মাঙলব মচেৎত।
য়ৈরি মিহুলন তাক্লি থম্মোইদ
থীম্বব চুমজে মীকুপ খুদিঙ্ভদ।                      * *

২ ওক্টোবর/১৯৯৮

## সমুদ্রগী ঈথিল

তাম্মা ! নঙগী খোঙজেলন মিরব
ফারে ঐ, তরেংলক হৃয় পুল্লে—
বাকচীং উনলেন য়োম্লক্কে থল্লুব
পঙলব ঐগী থম্মোইসি নীঙ্কে ।
কল্লব নোংলৈন ঈনখংলকপৈ
হুমহুন পুরি অতাত্তব নোংযেল,
ঈচেল ঙমখৈ জৈবন মুংঙাইবৈ
শীংনক ঙমদ্রে সমুদ্র ঈথিল ।
অকা অকুম নাইব তাইবঙপালনি
অপাম মুংশি ঈরুল, লৈমা লৈন.
করম লৈরাং লৈকুল জমল্লুনি
থম্মোই থম্বাল লৈশি লৈথোন্দন ।
মালেংব ! মফম পুদিঙ খোঙদোইব—
নঙনি, মুংশি লৈনমত পুদব । * *

১. ওক্টোবর/১৯৯৮

## হৎলক্সগনু এৗওোন্দ অমুক

হৎলক্সগনু এৗওোন্দ অমুক
মীরুপ মীরাউখোল্লশিংগ লোয়নন,
মাঙজওব লনশিংদ্রুীদমক
য়াইফরিডে হৎলুকঙ্রা — হায়ন।
পুক্সীং, ঐনবে নঙবু য়াতেম্লি —
কোরৌগী মৈশা মঙাল ফংলম্নু
'চীংশিনবৈ শক্তি' পুথীন লোৎলি,
শায়পুরে থন্ন লৌনমী মায়ু।
তাইবঙ মপোক্ন লোইশিল্লবদ
চমশো শিন্ননি য়াম্লেমদ লোইন,
য়াওরোই মা—করিগুম্ব মতমদ
হৈদোকপদ লৈজব পুম্নন।
মাঙজরিবদি পঙল ঐত্তনি
অচুম্ব মাদি লেঙদ' লৈহৌনি। * *

১৫ এপ্রিল/১৯৯৭

**হিদোংলিব থওয়ায়গী পোখ্রাকম**

পুক্নীংন নঙগী থৱায়া থম্বালদ
নতীক নয়াই শৈথাব চীনবালন
খুৎশান লাইশঙবু শীৎ-নালবদ
নিজৈ তাব মিংলেনত নাকোঙন
হকচাংন ভক্তশিংবু শোকচব
লৈনম লোব নাতোন্ন 'থৱায়াগী
ইকোকসিন তোয়ন থৱক্নমজব
লৈয়েংন মহাউ তংব তুলশীগী।
ইখোঙথোংন ননাক্ত লাক্নগ
অম্বরীষকুম ননাইন ঙসিদি
শীংনগে খনজদে দুর্ব্বাশাগ,
নঙ ঙাক্তনিনে পুন্নমকসিদি।
নঙগী ননাইন শান্তি ফংজব
মহৈ পাম্বন লাংদ থুরিব।

* *

৩০ জুন/১৯৯৭

## লৈবাক্ত শাব চফু

চোইজায়নর লৈনাশিং য়েংলগ
শৈরাংলিবরা ঙুশি থৌপুব ?
শীনব থুংনব লৈনম য়েল্লগ
নাপদ করিবু চীংচেইরিবা ?
ঙুংশিব লৈনম ফজব শক্তম
মাঙথিনি মতমগী নোংলৈলক্ত,
থম্মোইদ ঈহুল পীরিব পোৎলুম
মহাউন চিংথরি লৈমায়থক্ত ।
লোইনমক ঙুংশি মীকৌ পীনব
লৈরমগদ্রা, মহাক হনখিবদ
নল্লগ, চৈরাকচৈ পায়ন ঙাইব
মহাক্ত; চৈবীগদ্রা থোঙজীন্দ ?
ভৌতিক পদার্থ রসায়ন মচাকশিং
য়াওরি লোইন লৈপাক্কী চফুশিং ।  * *

২ ডিসেম্বর/১৯৯৮

## য়াওদে, অমত্ত য়াওদে

য়াওদে, অমত্ত য়াওদে
কুরাক লমদাইবদ শুব শিংজুগী মহাউ !
লমদা থাঙজগী চৈত্তেক শীংথাব !
কাউব্রি, হেনজুনহা !
লীচৈ কাংস্থু পায়বগী বারী,
ও ! শিরমগনিদা, খজিক্ক মঙাই
শম্নাদ লিংহৌব ; সোরারেনগী মচানিপা খোরীফাব ।

মমা লৈবাক্কীদমক মথক্কায় কৎপ্রবশিংগী পুন্সি বারীগী মহাউ
কয়ারক হন্ন মায়থীপ্রব লানফমশিং
কাউব্রি,
নোংমৈ গুন্দাগী চৈনা—
ও ! শরাক তম্বীপ্রবী চন্নুরাশিং—
শিংকুপশান শুগায়জুন মাঙহনপ্রব মমাওইবীগী ঈজ্জৎ !

নীতম্বগী লানফম খুদিঙদ থোকখিব থৌদোকশিং —
ইতিহাসকী লমায়দ ইরিব
য়াওদে, অমত্ত য়াওদে
মমাগী শীযোমন্নুংদ কংশি শিপ্রব
তাইবঙ চীঞ্জাক চাখিপ্রব মিতম্নকপ নবাশিংগী পুন্সি বারীদি । **

২ জানুবারী/১৯৯৮

**নারক্ত থাকপ লাং**

লীগু হৈবী; হে ! নিত্রা লাইরেন্মা !
খুংশা লীশিং লীশিং থিন্দোকনু
নাউগুম্মি—। য়াদ্রি লমহেনব অমা
তুমখুল তালো, শীংনবি নোকনু।
থাবল মঙালদ লোংলিব ! মায়খুম
হাইদোক্লগ, রাখলন চৌদাক্লি
কুফেং-কাফেং উব শেংদ শক্তম
মাবু, আশা মচেংন উমশিল্লি।
উদে, থাক্লিব লাং নারক্তুদ
ফানব লমগী শা— লমহেল্লব,
লৈরি লেঙদ লোম্ন খঙদ-উদ
চেংন মীবু পুন্দুন থম্লিব।
মীকুপত শঙলিংব থুংবীরদে
লংজরুব মরাল মীরাইবীদে। **

৪ জুলাই/১৯৯৮

**মীৎ পাওলকপদ**

পীক্লেন পীক্লব লাইজ ঈরিকশিং
পীরি মহাউ— খন্ন মথৌদাংনি,
কোকপীরত্নন ঈখৌলাংবশিং
লৈখ্বা তাব কনাবু লানবীনি ।
লাইজ ! মন্নুং-মপাল ফাওন উব
ঈচেলশিংন ইঙতপ্ন চেনসন্নু,
লৈরি শক্তম পুঙজা খুদিঙ ওনব
মোংলিব অহোংবশিং য়েংলন্নু ।
য়েক্তুন থম্লিব নোংদমহুদ
অঙকপ মশক থোক্ত হাপ্লব,
কায়গল্লব লৈপাক্কী চফুদ
মৈশা পীরত্নন ঈকথোক্লিব ।
পাওলকপদ লৌশিংগী মীৎস্নান
কায়রম্লে আশাদি ময়ি চৎন। * *



কোঙগ্রব লাইরিকশিং :

i) তেংথাখোল : শৈরেং, ২০ মার্চ / ১৯৭৯

ii) বাশক : শৈরেং, ১ জুন / ১৯৭৯

iii) সুন্দরী মূর্তি : উপন্যাস, ১৩ জুন/১৯৮২

iv) পূর্নিমা : উপন্যাস, ২ ডিসেম্বর/১৯৮৪

v) আশ্রমগী অকোয়বদ : উপন্যাস, ৬ জুন/১৯৮৬

vi) থাইগোকগ্রব ঈচেল : উপন্যাস ২৯ ওক্টোবর/১৯৮৯

vii) মতম্ম তাশিল্লব য়োং : ৱারী মচা ৯ ডিসেম্বর/১৯৯০

viii) ঐ চংলবনি : শৈরেং ৫ সেপ্তেম্বর/১৯৯৭